# কদোমদনো মনিপুর



ইবোমচা

# কদোমদনো মণিপুর

## ( A Collection of 16 Manipuri Poems )



অইবা
শ্রীময়াংলম্বম ইবোমচা সিংহ
এসিস্টেন্ট টিচর
ককচিং মখা হাইস্কুল

কদোমদনো মনিপুর : মণিপুরী শৈরেং লাইরিক

অইবাঃ শ্রীময়াংলম্বম ইবোমচা সিংহ
খুনয়াই লৈকাই, ককচিং ।

অকোঙবা : বুকাইব পাব্লিকেসন্স
Bookive Publications, Kakching.

মখুমগী নমুনা : অইবা

ব্লোক শাবীবা : শ্রীশৌগাইজম ইবোমচা সিংহ

অহানবা কোঙবা : তাং ৯/১০/৮৪ ইং, লৈবাকপোকপা
( বায়ুংবা )

কোপী মশীং : ৫০০

মমল লুপা : ৩০০

নম্ফম : লীচিং প্রেস, ককচিং বাজার ।

কংকম থোকপা পুস্তক অকোঙবগীনি ।

# দিংগেং অমা

ময়াংলম্নম ইবোচাওবী শৈরেং ১৬কী লাইরিক অসি পাজরে। মহাক্কী কবিতা ১৮ কী মনুংদা অহানবা কবিতা ৩ (অহুম) অসিনা গুপ অমা ওইরগা লোমহৌ য়রবা কবিতা খৈনা থোক্লবা গুপ অমা ওইহনবা য়াই। ইখিবগী শোক তারিখ থেংজুরগম্নু মসি হেক্তা উবা ফংই— মহাক্কী শোক ১৯৮৩গী এমাঙদ ইখিবা কবিতাশিংদা "চাউন-কমল" গী প্রভাব অমদি ইঙ্গিল থাওই, অহুগা শোক ১৯৮৩ অমসুং ১৯৮৪ ইংদা ইনকা কবিতা শিংদা হৌজিক্কী মতমগী "অনৌবা কবিতা" গী ৬ম দবা নংলে— মথোং-দোংলা নিমদা শংনু এক-রাক্তাবা কবিতা অমা ইংশোক ১৯৮৩গী মতুংদা ইখিবা ওইনা তৌই।

অহানবগী কবিতা অহুমদা লৈরিবা কবিগী মিংথে, রাখল, অমসুং ফিদমদি থাগনগী ভেল্যুশিংদা থাক্লবা অমসুং মখোয়বু মাঙহন্নৌংদবা উবা ফংই। মরৈবাক পুংশিংবা প্রকৃতিগী ফজবদা পেঙবা অমদি থাগনগী আদর্শদা থাজবা লোকপা উবা ফংই। "ইমাগী লৈকোল", "থম্মাল্লু" অমসুং "থাংকবগা" না হৌজিক-কালগী নুক্তা ওইবাশিংনা মাচেল কেপুবা অমদি লোংচুপলোমগী লৈংমদা চুমিহুনা সাহেননু শিংগী মতৌ তদবা ইজ্জত মাঙবা বিদ্রবাশিংবু "থম্মালম্নু" দগী ফিদম লোননা কনিনা হায়বি—
"কালগী চনু অপঙবী লোচুপ লেনম পুবিবী ঙঙগী রারী তারগা। মৈতৈ ইজ্জৎ কনসম্নু।"

অনীশুবা গুপকী কবিতা ১৩ (তরাহুমদোই) অসিদি হৌজিকী সমাজগী শক্তম ফজনা য়েকথোক্লিবা— মফম মফমদা ব্যঙ্গাত্মক ওইবা রাঙাং য়াওবা কবিতা ঙাক্তনি। করপসন অমদি শেঙ্গা থুমজা, মথৌ নিংথিন তৌদবা কর্ম্মচারী, লায়না পোকফম ডাক্তরখানা, ঠিকাগী শঙশা সহরগী ঠিকাদার, ফৌ মমল হেনগংলক্লগা লৌমীনা রাবা, রাল এডভরটিজমেন্ট (ফক্লাংগী পাউজেল) মেত্রিক পরিক্ষাদা নত্তবা উশায়, য়ুনা হারবা য়ুরৈবাক, পুম্নমক্কী মতুংদা হংলি কবিনা "কদোমদনো মনিপুর?" নহা ওইরিবা কবি অসিনা থোক্লিবা মিং; পুথোরক্লিবা শক্তম ময়েক শেংই; মাঙদা চপ লেপ্পগুম উহল্লি। নিংশিংলকই মতাং অসিদা Shakespeare না কবিগী থৌওংবু শিংথারিবা;

……… And, as imagination bodies forth
The forms of things unknown, the poet's pen
Turns them to shapes, and gives to airy nothing
A local habitation and a name.

কবিনা থোক্লিবা য়ুরৈবাক ময়েক শেংই। পোকপগী ষষ্ঠি শোনবদগী সংকার শেম্বা, থুগায়বা ফাওবা অসি য়ুরৈবাক্তদি য়ু চংদবা রাদে। য়ু হেনমন্না থকপা মনিপুরবু ব্যঙ্গ অমা তৌদুনা কবিনা য়ুরৈবাক থোক্লি। কবি হায়বসিদি অনৌবা বাহৈ অনৌবা টার্মিনোলোজি পুথোক্কদবনি। ময়াংলম্বম ইবোমচাস্থু পুথোক্লে—অনৌবা টার্ম অমা— "সন্ধ্যাগী সাহিত্য"; সন্ধ্যাগী মতমদা য়ু থকপা মশেন

ঙাংনরিবা ৱাহৈ, ফজনরিবা ব্যবহার অমদি সাহিত্য অসিদি খোংচিনবীহৌনবা লৈতহনা তৌবনি। য়াম্না ফজপ্রবা সাহিত্য ঙাক্লি। অসিনি কবিগী মিংয়েং অথিবদস্থু ফজবা।

য়াম্না চমজবা, মরাল লৈজত্রিবা অয়েংবা অমগী শক্তম লৌরহনা মহাক্কী পিকতক তৌবা কেনভাসতা মনিপুরী সমাজগী শক্তম অমা নিকচরিবা মথুংনা ভুরী পায়রহনা ৱাহৈ খজিক্তনা য়াম্না হায়বগী টেক্নিক্তা অথীবা কয়াবু অমোংপা কয়াবুস্থ খাকপা লৈতনা য়েকচরিবা অমদি ভুংগী অফবা মরৈবাক অমদদি থাজবা থমজরিবা অহুগুম্বা কবি অমনি য়ংলম্বম ইবোমচা।

য়ুকচিং, লৈবাকপোকপা
১৮/৯/১৯৮৪ ইং।

—নিমাই পুপ্রম্ব —
সম্পাদক:— নতিক নঙাল

## ঐহাক্কী অহানবা খুদোলশিং ঃ-

# ইমাগী লৈকোল

বসন্ত ঋতু লাক্লে
মপুং ফারে লৈকোলসে
লিরি শিংপা মালংনা
য়েল্লরে হৈনম লৈনম ॥

লৈরাংগী লৈকাদা খোইমুনা
পলেমগী মগুন শীংথারি
উফৈথক্তা পোন্সী চেক্লানা
ঈমাগী মিংথৈ শোল্লি ॥

মিকপ থোক্লো পারি-ইমোম
নীংথির লৈকোলসি য়েংদুনা
পলেমগী কোলোয় শক্তুনা
ঈমাগী থৌদাং পাওলসি ॥

তাং ২৪/২/১৯৭৫ ইং

———

কদোমদনো মনিপুর

## "থম্বালনু"

লাইবক থী.বী চনু-ও !
কোলোয় নওগী "থম্বালনু" ।।

খিংঙেল ঈরম মেন্দুনা
লৈবাক প্রজা কনখিবী
কোলোয় নওগী থম্বালনু
কাউররোইনে মৈতৈনা ।।

নিংথৌ' মনাই অওম্বই
লৌনম মীনোক উবদা
থম্মোয় নুংগুম কনখিবী
লাইবক চাউবী নূরাও ।।

কারোক মহাদেব লাইমাওদা
শরি পন্দোম লোম্নখিবা
শাবী মোহোন নুংশিবা
কায়না মৈশা লাংখিদো ।।

কালগী চনু অপওবী
নোংচুপ লৈনম পুরিবী
নওগী রারী তারগা
মৈতৈ ইজ্জৎ কনসনু ।।

———

## "থাজরুবনা"

লাক্লরোই খঙলবা নহাকপু
ঙাইজরি ঙসিম্তু ইদোম
খোইরাংলবা থম্মোয়সিনা
চিক্ল' লৈকোলসিদ ফমদুনা ॥

নীংশিংলি ঙসিম্ব মৌনা
থাবলগী ইপোমলক্তা
পুন্সি লৈপুন শেমশি
রাশক্লখিবা নঙ-ঐ ॥

থাজরুবনা লৌনম রাহে
রাজরেদো ইদোম ঙসিদি
শাগৎচরুবা আশাম্তু
ওইরম্লে মঙলানমী ॥

তাং ২৬ | ৮ | ১৯৭৪ ইং

---

# "ইম্ফাল কাবা"

বস অত্তু মী ফনা চিল্লে
অত্তুমক্তদা অথাম খুদিং
মা কায়রকপদি লেপ্তে
চিল্ল চিল্লগা;
গাড়ী মপু হৌরাউজৈ
ফুরিৎখাউ মাবশিংসু পেঞ্জে।
চৈরকপসু য়াওই ড্রাইভরবু
মী পঙহাপ্পা হাপচিনবগী,
পেশেঞ্জর মশেল
লাউনবসু য়াওই অফম্বগা অরেম্বগা,
মৈনা ক্কক ক্কক ইমৈ
নুপী নুপা, মফম মরাং খঙদে।
ইম্ফাল য়োরমদাই
খাকি শেৎপশিংগী চেক,
হায়নৈ, মী চিল্লগা শেন্দা চাউই।
ভারা য়াম্মী য়ামদে
লাউনৈ ললোনবীশিংগা
ভারা লৌবগা।

তাং ১৬ ' ২ । ১৯৮৩ ইং

— — — —

## ঈ চুপ্পা

ঐ
ঙম্মুক্কী মতিক শোল্লি।
অদুবু
হে কাকচৈক!
নঙনা চুপথোক্লংনিকো
শোল্লবা ঐঙোন্দগী
ঈ ড্রোপ কয়া!
মরম অদুনা
ঐগী রাশক
ন বু নোইহংগ।।

তাং ২৭।১।১৯৮৪ ইং

— ———

"তলব চাবী"

শারি শেংপী
লুনা তোংবী
তলব চাবী
ওফিস কারি
মোজা লোল্লি
রারী শুরি
য়ায়া নোকলি ।।

তাং ১৬। ৪। ১৯৮১ ইং

————

# ডাক্তরখানা

মোংমা
পাউচে অমদা ইরকখি,
সহরগী ময়োলদা লৈবা
ডাক্তরখানা অমদা
লায়েংলিবা অনাব'মা
টিটানস চণ্ডথুনা শিরে।

ডাক্তরখানা !
লায়েংফমলা
নত্রগা
লায়না পোকফমলা ?

তাং ১৬। ৪। ১৯৮৪ ইং

— — — —

## "ঠিকাগী শঙশা"

নোংমদি
ইথঙ শঙহৌদন।
হয়িংখোই ময়াম তম্নবগুম
স্কুল লমপাক্তদা থুংলরে
ঠিকাদারগী জুগালি ময়াম;
লোয়নমা শাগদৌরিবা
স্কুল শঙতুগী
মপোং মচৈ পৈররে
চেক, লৈঙোই, সিমেণ্ট।

থৌরাংতু উবদা
স্কুলতুগী ছাত্রশিং ওঝাশিং
মায়কৈতুগী প্রজাশিং
হরাউনরে ঙসিদি।

থবক পায়খরে
ঠিকাগী থবক-শুবশিং
থাখায় অমগী মমুংদা
লোইখরে ফাউন্দেশন রাল।

ইথঙ খঙহৌদনা নোংমা
চৎখরে ঠিকাগী চেকশুবশিং
হম্বিংখোই শজু পাইখিগুম
থাদোক্লুনা লোইহ্রিবা স্কুল-শঙ
হল্লকপা কৌবা লৈখিদরে।

মতম খর লৈরগা
চেথায়রক্লে চেক্কী রাল
নোংমদি
মোং মুংশিং অমা লাকপদা
কীহ্নখরে শাবা লোইহ্রিবা
শঙাহ্রিবা স্কুলশঙ।

———

# "সহরগী ঠিকাদার"

লুংঙাইদা
সহরগী ঠিকাদার
পৈশা পায়বা
সজ লৈবা ॥
ব্লার্ক ওর্দর কংলে
থবক্তি শুদরি
রজিং বিল শারে
পৈশা হান্না কংলে।
লুংঙাইদা
সনা লৈবাক মনিপুর
লেন্না শেন ফংবা লম
মপোক মপোক খুদিংদা
ইমা মওগী মশাইগোম্দা
ইন্দাল সহরগী ময়োলদা
ঠিকাদার ওইনা পোকচবা
শীনবীয়ু ইমাও ॥

তাং ২০।৭।১৯৮৪ ইং



# লায়রবা

কৌ শণ্ডবায়দা
মুপা মরিকু,
চেং কিলোদা
মুপা মরিমথায়,
যাম কিলোদা
মুপা অনীমথায় ;

লোয়াং শুরন্দু
লোরিং লোপেং লোইথরে
শুকম নোমকম থণ্ডদরে
রাইদকো লায়রবা মওসে।

তাং ২০।৭।১৯৮৪ ইং

— ——— -—

# রাল এডভরটিজমণ্ট

লম্বী মপানগী যুম
শোরোক মনাক্কী স্কুল, কলেজ
সহরগী দুকান, ওফিস
ফক্লাং পুন্নমক
উজার মেলা শারে
অমুবা অঙাংবা মচু কয়াগী ;
ভোট নিবগী
মন্ত্রি, ওফিসারনা শেল চাবগী
অন্দলোন ভৌবগী
বন্দ কৌবগী
হেনরাইটিং, রালপোষ্টরনা ।
ভারতকী কন্সটিট্যুসন্না পীরিবসিবু
ফ্রিদম ওফ এক্সপ্রেসনা
ফ্রিদম ওফ এডভরটিজমণ্টলা ?
ইরিবা থেংলিবা পুন্নমক
কু-নানবা পামদবগীরা ?
ডিমোক্রেটিক কন্টিন্নি উংলিবরা ?
মাস মেডিআ লৈতবগীরা ?

তাং ২৫/৭/১৯৮৪ ইং

———

# মেত্রিক পরিক্ষা

মেত্রিক পরিক্ষা হোয়রে
পরিক্ষা সেন্তরশিংদা
মী পূনবা হোৌখরে
ছাত্র-ছাত্রি, ওঝা
পুলিস, হোম গার্ড, আর্মি
পরিক্ষা পাংবা
মচল-মচে, মচিন-মনাও
মরূপ-মপাং মমা-মপা
সেন্তর তাবা ফুলশিং
মীনা পাথোক্লে ওসিদি
অহাংবা অচিকপা মফম
অমত্তন্ন লৈত্তরে;
খা-রাং, নোংপোক-নোংচুপ,
মায়কৈগী খুদিং
মীগী মী ওাক্তা
মচি ময়া, শন্দল নুক্লাং
লেত্রিন, য়ুরিনিল
লন্দী শোরোক
কোক্কী কোক ওাক্তা

ময়াম কুম্মে ধারা ১৪৪
পরিক্ষা পরিক্ষা মান্দরে
হিয়াং কুম্মৈত্তু মঙায়রে
মী পুনক্নম ওইবনা
লম্বী শোয়োক চিদাইদা
শোগংলক্লে পানত্তুকান
ময়াম অমত্তু।
পরিক্ষা হৌখিবা
পুংখায়গী মতুংদা
পরিক্ষা পাংবা লাকপশিং
চেক্সিন্নবা হৌরক্লে,
নোট ময়োম পায়ত্তুনা
থোঙ থোঙনাও তম্না;
পীশিন্নবা, লংশিন্নবা
পরিক্ষা থারিবা মক্লপ-মপাং
মচল মচে, মচিন মনাওদা।
পুলিস, হোম গার্ডনা
তাল্লি, ফুরি
পরিক্ষা পাংবশিং
—অত্তুমক্তদা
লমহেনবা নহারোলশিং
লক্লরি থাকি শেংপশিং
কোয়তান তাল্লি, চেল্লি
কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি।

পরিক্ষা হোলদনু
ছাত্র-ছাত্রিশিং পাকতরা
লাইরিক ফাক্লি, শিল্লি
ইনভিজিলেটরশিংনা
হোদোংনা ঙা চাবা য়েংলি।
মীচম প্রজাদি লায়রক্কুনা
চৌকিদার, পিওন, কন্সটেবলদগী
লাইরিক লাইশু হৈরবা
ওজা, ডাক্তর, লেকচরর ফাওবা
মাপী মাপী মীনা
তাক্লি, নোট পীরি।
পুং মরি তারে
পরিক্ষা লোইরে
থোক্করক্লে ছাত্র-ছাত্রি,
ওজা, চৌকিদার, পিওন,
পুলিস, হোম গার্ড
পুরূপ, পুরূপ।
পরিক্ষা য়াওরুবশিংনা
অমগা অমগা পাউদম্নরি:
থরনা নোক্লি, হরাউরি
ওজা ফবগী, য়াম্না শিন্নমগী
থরনা চৈরি, শাউরি,
ওজা ফত্তবগী,
শিনবা মংদবগী
মপানগী নোট ফংহোদবৈ;
অসুম্না লোইরে
মেত্রিক পরিক্ষা।

———

# য়ুরৈবাক

মষ্ঠি শোন্নে য়ু,
না হুৎলে য়ু,
নুংহোৎলে য়ু,
শোরাং শোন্নে য়ু।

লৌহোন ক্ষোয়রে য়ু,
লৌ য়ৈরে য়ু,
চাক চানরে য়ু।
রানোমলে য়ু,
ফমথোন কারে য়ু,
ভোট ভোরে য়ু,
সরকার শেম্রে য়ু,
সরকার কায়রে য়ু,

পরিক্ষা পাস ভোরে য়ু,
ফেল ওইরে য়ু,
লাম্মীগী থোনা হাঙ্গা য়ু,
অথকপগী চা'খাউ চাথৎপা য়ু,
চন্নদবা লৈত্রে মওবু,
য়ুগী লৈবাক য়ুরৈবাকসিদা।

———

# কদোমদনো মনিপুর

রাজনীতিগী মেন তাদবা;
মহারোলশিংগী চরাংনবা,
মনিপুরদা পোকপনি খঙদে
মীয়ান হাইজিল্লকপনি খঙদে,
মীশিংনা হেনগৎলক্লিবা,
কুমনা কুম, অমুক চাউ অমুক কাং,
চাথোক্লা হন্থরকপনে
শেন্থোক্লা রাংপনে
কল্লিবু থোক্লগবা
কদোমদনো মনিপুর ?

মৈতৈ মচাশিংসে
শুবনা রাংলিবা,
সুঙাইবনা পামলিবা
হরাও কুইন্নানা যাল্লিবা,
খরচনা চাউরিবা
চুরুট-বিড়িগী,
খৈনি-জরদাগী
সিনেমাগী, হোটেলগী

করিবু থোক্লগবা
কদোমদনো মনিপুর ?

মনিপুরগী মেতাশিং
মরৈবাক নীংবস্থু নীংদবস্থু
শেল চাবস্থু চাদবস্থু,
ইলেক্সন ময়াদদি
মতম কুইনা কাউরুরবা
মাগী মাগী কেন্দ্রশিংদা
ওন তাত্থনা লৈগনি,
চঙলুগনি লায়রবগী খাংপোক্স্থু,
পার্টি তৌগনি
নহারোল অহল্লোন,
সুপী অঙাংশিংবু
চাকচা হৈজানহনগনি,
দক্ষিনা য়েনগনি
ভোট থাধমল।
করিবু থোক্লগবা
কদোমদনো মনিপুর ?

মীখলদা কারকপশিংনা
সরকার শেম্নবা
মাল্প ওইহোনবা,
ফল্পাল লাল্লু ম্নিচৈ
দিল্লি শাথৌরিচৈ

চোংথোক চোংশিন শাম্নরিঙৈ
পোংচৈশী মমলদি
অতিয়া পকখরে।
নহারোলনা মরোল অমা
থবক পীয়ু থবক পীয়ু,
ওজাস্তু, ছাত্রস্তু,
ডাক্তরস্তু, সারভিসমেনস্তু
অমগীস্তু ষ্ট্রাইক অমগীস্তু ষ্ট্রাইক
ঙৈহাক লৈর মনিপুর বন্দ
ঙৈহাক লৈর মনিপুর বন্দ
করিবু থোক্লগবা
কদোমদনো মনিপুর ?

———

# সন্ধ্যাগী সাহিত্য

লম্বীগী চিদাইদা
মোম্লি নোম্লি লেম্লিবা
রাউরি রাউরি নুংঙাইরিবা
নুপাতুমা থঙকো কোই
লম্বী চংপা অমদা
হো ভায় ।
চঙশিল্লকই লম্বী চংপা
রারী হৌই
য়াই থান্নবা নুপাতুদা
ঙন্না নুংঙাইবীরম্মীদা মরূপ !
মরূপ নুংশিবৌ
কন্না কোই শাওবীব্রো
নুশিংজবৈ কোবনি
য়েংথিবৈ কোবা নংচদেয়ে ।
কোবীরকইসি হন্নাওজরিনি
অতুবু নুংশিবা মরূপ্নি
পীথকপীদৌরিব্রো নিশা শান্নবীদৌরিব্রা ?
করিনো মরূপ
চিংমিন্নরুরগা লোইরেদনা
ঙসি নোংময়ফাদোকস্তু নুংঙাইমিন্নবহায়বত্তুনি
লেংশিল্লরসে ।

———

# মিং ওনবা

মনিপুর
মিং অসি হোংদোক্লবা
মিতিন অমা পাংথোকই
অর্থও অদুই কয়ামনা
মীতৈ মাইচৌ কয়ামনা
বা ঙাংই
মাগী মাগী অনীংবা
থৌনা ফর্দা কোংদোক্লে।

মনিপুর
লমদম অসিগী
ফুরুপ অসিগী
লোল মাংকা
চুনবা মিং নত্তে
অয়াম্বা বা ঙাংবশিংগী
অমত্তা ওইবা রাখলনি।

মদ্রাজবু তামিলনাডু
মহিশুরবু কর্নাটকা
ওনখিবগুম

হোংবয়াই "মনিপুর" সু
লমদমসিগী নাং-লোলগা
চানবা মিং অমা
লমদমসিগী কুরুপ খুদিং
কোমশিনবা য়াবা মিং'মা ;
মনিনা
অঙাঙবা অতায়া 'পুম্বগী
য়েংনদবা রাহেপ ওইরক্লবদা।

হোংবা নাইবা তাইবংনি,
অওনবা পান্বা মীওইবনি ;
নাহন থোনখিবা মিং
ঙসি হোংলিংলে।
ঙসি থোনবা মিংসু
হোংখিবা য়াই হয়েং
মীয়াম্বু পাল্লবদি।

তাং১৩/৬/১৯৮৪ ইং

———

## - অইবগী ৱারোল -

ঐগী অহানবা লাইৱিক " কদোমদনো মনিপুর " অপাব-শিংগী মফমদা লাপ্তোকচরে ঙসিদগী। লাইৱিক মচা অসি হৈশিংহুনা ইজবা নত্তে। লাইৱিক ফোঙবা তেঙবাং মরূপ ককচিং, মরূপ অসি য়াওজরুবদগী তঙাইফদনা লাইৱিক অমদি ফোঙ-দবা য়াদবা ফিভমগী মথাদা, কিনা কিনা শৈরেংশিং অসি ইজখিবনি। অহানবগী শৈরেং অহুম অসিদি শোক ১৯৭৪-৭৬ অহুৱাইদা স্কুল কলেজগী মেগাজিন্দা ফোঙনবা ইজখিবনি। ঐগী পীরুবা লাইৱিক মচা অসিনা মশাগী মথৌদা চোকথরবশিংগী ঙাইহাক শ্বর হোন্দোকপদা পুক্নিং শান্তি ওইনৱবদি মসি ইরুবগী মহৈ য়ানবা শকচগে।

তাং ২৬ । ৯ । ১৯৮৪ ইং
মেরা চাউরেন হৌবা

শ্রীময়াংলম্বম ইবোমচা সিংহ
ককচিং।

## লাইরিক কোঙবা তেঙবাং মরুপ, ককচিংগী
## মতেংনা কোঙজবা

লাইরিক ফংফম :-

১ । ভিক এণ্ড কো : ককচিং বাজার ।
২ । মোবিন এজেন্সি, ককচিং বাজার ।
৩ । ভি রু, বার্ড, ককচিং বাজার ।